([illegible])

# ঐগী ঈশৈ নঙগী শুর

(ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক)

অইবা

থৌনাওজম সামো সিংহ

# ꯑꯩꯒꯤ ꯏꯁꯩ ꯅꯪꯒꯤ ꯁꯨꯕ

# ঐগী ঈশৈ নঙগী শুব

(ঈশৈ মযেক্কী লাইবিক)

লৈফম

ইম্ফাল মৈতৈ চর্চ মনাক, লম্ফেল

অইবা

থৌনাওজম সামো সিংহ

লাইবিক্কী মমিং:

**"ঐগী ঈপৈ নঙগী শুর"**


| | |
|---|---|
| ফোঙদোকপা | **টি:এস:এস:**<br>**প্রডক্সন সেরিজ** |
| নমফম | প্রোম ওফশেট, পাওনা বাজাব, ইম্ফাল |
| অহানবা ফোংবা | ওক্তোবব, ২০১২ |
| মমল | লুপা ১০০/- |
| কোপি মশিং | ১০০০ |
| লাইবিক ফংফম | মকওইবা ইম্ফালগী লাইবিক যোনফমশিং<br>অমদি অইবা মশামক্তগী |


**নোঙ্লুকচবা, অকাসবানি ইম্ফাল,**

**ডি:ডি: কে: অশ্মিক**

**অমদি ঈপৈশিংসিগা মরী লৈনরকপশিং**

## খুদোল তমজবা

ঐহাকপু তাইবংপাল ফাওহনবীবমদুনা মীয়ামগী মীবক্তা তিলহনবীবম্বা অমদি তাইবং সেবা থবদং পাংথোকচবা ফংহনবীবম্বগিদমক্তা লাইওইত্রবা ইমা অমদি ববা - গী মফমদা নচানা ঐগী লাইবিক **"ঐগী ঈশৈ নঙগী শুর"** হায়বা অসি খুদোল তমজবি ।।

## ৱাহৈ খবদং

শ্রী থৌনাওজম সামো সিংহ শৈবেংবা অমা ওইনা অনৌবা নত্রে। মহাক্কি ফজববা ঈশৈ ময়েক কয়া A I R ইম্ফালগী কলাকাব কয়ানা শকখ্রে। হন্দক "ঐগী ঈশৈ নঙ্গী গুব" হায়দুনা ঈশৈ ময়েক্কী লাইবিক অমা ফোংদোকববকপসি য়াম্না মতাং চাববনি। মসিনা মাগী ঈশৈ মযেক্তা সাহিত্যগী গুণ কয়াম য়াওববগে হায়বদু পুন্না নৈনবা য়াবগী তাঙ্গা পিবে। হৌজিক মতম অসিদা ঈশৈ-মযেক ইবা মীগী মশীং অসুম য়ামখৎলকপনা মবম ওইদুনা অতাবশিংগী অপাম পামদ চিলহাও থিবা হেনগৎলক্রে। "মশীং নত্তে, মগুন্নি" হাযবগী খোল্লাও তাবক্রে। ঈশৈ মযেক ইববু অবাইবা শিনফম অমা ওইনা হেক্তা লৌবা লানগনি। ঈশৈ মযেক তাবিবা ভাবোকশিংবু অপঙ্বা কবিসু খঙ্দবা মীয়ামনি হায়না লৌবসু যাবোই। মখোয়গীদমক ইবনি, মখোয়গীদমক শকপনি। তাবিদ্রবা ঈশৈগী অর্থ লৈতে। ফজবা ঈশৈগীদমক ফজবা পুক্রিং ঈহুল, ৱাখল, নিংথিবা ৱাহৈ শিজিন্নদুনা ইবা ঈশৈ মযেক চংই।

মীৎযেং খবসি পুক্রিংদা থমলগা শৈবেংবা অসিগী ঈশৈ মযেক ১০০ (চাম্মা) শিগী মগুন লেপ্পা তাবকই। লাইবিক অসিদা মখল মখাগী ঈশৈ মযেক, লাইশোন, লৈবাক নীংবা, অপাম-নুংশি কয়া মচল ওইনা যাওবি। মচল পুথোকপা হাযবসি তঙাযফদবনি। পুক্রিং ঈহুলশিংগী য়েংলুবগা শৈবেংবা অসিনা বোমান্তিক কবি অমগী মতৌগুম মহৌশাগী শকলোন কযাগা মীওইবগী হৌব লোয়বা নাইবা পুক্কিগী হৌন লিচৎ কযাগা খঙ্গাং থমদুনা, তোঙান তোনঙানবা হিবম কযাদা খুদোল তন্নি। নুংশি নুংওনগী

ময়েক্লা নন্না ময়ামগী মবক্তা, তন্না ঙমদবা পুন্সি, আশা, নিংবা কায়বা, রাইথুংনদবা লমজিংবা ওইনা মহৌশা, নিংশিংলুবগী অৱাবা, খায়নবা, মিংকী পিবাং, পোকপা শিবগী দর্শন-শাস্ত্র, মীওইবগী অৱাবদা "মহৌশা" না শকক য়াবা, বসন্তগী কুম্মৈ, পুন্সিদা ঋতুগী খোঙ্চৎ, অসিনচিংবা কয়া যাম্না serious ওইনা ইদুনা ফোংদোক্লি।

লোন্দা পুদা মবাং কাই, নিংথিনা মবিক চুম্না শিজিনৈ। নুপীতনা শক্কদবা ঈশৈ মযেক অদুগা নিপা নুপী শকমিন্নগদবা মযেক খবসু হাপলে। ঈশৈ মযেকশিং অসিদা যাওবিবা concrete imageries কয়াগী মনুংদা, মৈবি, থাওমৈ, মৈবানবী, মল্লবা চৈবে, কুম্লাং চুববা যুম, নাপ্পগী নাচোম, থোঙ্গাল, শঙ্গায, থোংনাও, মালিকা, শর্মাজিবৈ, ধ্রুবতবা, ঙঙ্কান্নববা চীংগী নাপোম, সন্ধ্যাগী ধুপকী মনম (abstract) অসিনচিংবা মবম অদুগা মতাং চানা শিজিন্নবি। পুন্নমকী ওইনা যেংবদা ফর্বেদি হাযবৰু শৈবেংগী পবেং পবেংগী ওইনা যেংবদা "মাত্র" (metre) গী খোঙ্চত্ত চাং মান্নদবা খবা যাওবি। অশাং অতেনগী মতাংদদি ঈশৈ মযেক অমা অনি নত্তনা অতৈদি চন্নফম নিংথিনা লৈগনি।

ঈশৈ মযেকশিং অসি শৈশকপশিংনা শোযদনা পামগনি থাজে। মখা তানা মথং মথং শক্লকপা ওইসনু। ঈশৈ ওইবকলবা মতমদা তাননবা খৌবাংনা ঙাযবা তাবি।

তাং ২৬।১০।১২

প্রো: ফুরাইলাৎপম ইবোয়াইমা শর্ম্মা
কৈশামথোং ইবোম পুখ্রি মপান, ইম্ফাল।

# হিরম লমায়

# তনিক্লা ঙাল্লিবা থাওমৈগী

তনিক্লা ঙাল্লিবা থাওমৈগী
মৈবিগী মঙাল অমদা
নিঙাইদনা শান্নবি মৈবানবী
মৈবানবীনি মৈবীতবু পামজবী ॥

মুৎশিববা মৈবীদুগীদমক ৱাজবিবা
কনানা য়েংলি মুনা-মুনা মৈবীদা
ঙাকথোকচবি মতমগী নোংলৈবু
মল্লবা চবৈফিনা কোযশিন্না।

চহি কুন্নাং চুববা
মল্লবা যুমথক্তগী
খান্বা ঙমদনা তাবকলি নোংলিকশিং
চোৎলবা হকচাংনা য়েংলি মৈবীদুতবু ॥

# তনিক্লা লৈরিবা পুম্রিগী লাইজনা

তনিক্লা লৈবিবা পুম্রিগী লাইজনা
পাথোক্লা চেনখিগনি নোংজুথানা লাকপদা
নুংশিববা নাপ্পগী নাচোম
কায়নখিগনি নোংমদি নাপ্পগা।।

লৈনাবক্তা লোৎতুনা শাৎলিবা
লৈবাংগী লৈনম য়েনথোবক্কনি মালংনা
কনানা খাম্বা ওমগনি
খ্বতুগী অওনবা খোংচৎসিদা।।

মনিং থুংদ্রবা কনাগী পুক্রিংনা
থম্মোইদা নুংশি মৈবাইবকপা
কবম্বা নুংশি লাইবেম্বীনা
কনাগীদমক নুংশি তেংথাবীগনি।।

৩

# লোৎনা লোৎনা লাকউ

লোৎনা লোৎনা লাকউ
থম্মোই লকা তন্নকউ
নুংশি থোঙ্গাল হাংলমগে
নুংশি নপাও ঙাইবমগে।।

পম্বৌগী শঙ্গায় অচৌবা
তাওবা হুইবু লৈবনি
থৱাই মিবেল ওইনা পাইবকউ
নুংশি নঙবু ঙাইবমগে।।

ঐগী থোংনাও নকশিন্না
মবৌ লৈনা হৌবিবা
লৌনম চাওবী মালিকাগী
নুংশি চিবোল তাকনু
ঐগী শমজিবৈ নাচোমলৈ
নখুৎমক্লা থেৎলুবাও।।

# মশিং লাকণ্ডমদ থোক্লিবা

মশিং লাকণ্ডমদ থোক্লিবা
অতিয়্যাগী থৌবানমিচাকশিংগী মবক্তা
ধ্রুবতবা মহাক্তবু য়েংনীণ্ডখি
মহাক্তবু খোয়দাজখি ঐনা।।

নুংশি লম্যাংনববা ঐবু
লম্বী তাকপীবি মহাক্তনা
তম্বদি ণ্ডমদ্রি কৈদৌণ্ডৈ
য়ৌগদবা থাপ্লবা থৌবান লমদমদুদা।।

অহিং নুংথিল নাইদ
শাগৎলিবা অশাগী মণ্ডলান্দা
তত্তনা লাক্লি মহাকসু
থাপ্লবা থৌবান লমদমদুদগী।।

৫

# ঙসিশু নিংশিঙলি থৌদোক্তু

ঙসিশু নিংশিঙলি থৌদোক্তু
কুমওন কয়া হৌখ্রবশু
কাওবা য়াববোইদবা নুমিৎতুদা
মানা লেপ্লা য়েংহৌবদু।।

নুংশি বাহৈ খুদিং
কায়নবগী ইবোম্মুংদা লুপখি
পিবাংনা ঈহৌববা মিন্নানা
উপায় লৈতে য়েংহৌখি।।

তত্তনা লাক্লবসু নিংশিঙবনা
ঐগী থম্মোই লকাদা
লাকখিদ্রে ঐগী চান্নবীদি
ঐগী ইনাক্তা অমুক হন্না।।

# থাদোক্লীংদ থাদোক্লম নঙবু

থাদোক্লীংদ থাদোক্লম নঙবু
চৎপা তাবে ঙসিদি ঐ
মহৈশাগী খোঙচৎনি কায়নবা
ঐশু য়াবে কায়নবদু ।।

লিনীংলম্বনি অৱাবা ৱাবীসে
নুংশিববা মকপশিংগী মফমদা
ৱাবী পুম্বা থিংলখি
ঐগী মিৎলু পিবাংনা ।।

অহিং কয়াদা ইহৌবকখিবা
ঐগী নিঙমদ পিবাং
তিলহৌবনি মালেম তম্পাকথক্তা
নুংশি য়েন্নীং হন্নবা ।।

# কায়নবগী কল্লবা ৱাহৈসে

কায়নবগী কল্লবা ৱাহৈসে
হায়নিংদবনি কৈদৌনুংদা নঙোন্দা
চৈনা ফংলবা থম্মোইসিনা
হায়বগে লেপ্লে ঙসিদি।।

ৱাকচিংগী উলেনগুম শাথিববা
নঙগী কল্লবা শাহ্মনা
মক ফংনা কংহনখি
ঐগী থম্মোই লৈকোন।।

ইবালদি নত্তে থুংনখিদবা
ইতিনফম লৈত্র ইচেলনা
থৈদোকখিবনি নঙগী নুংশি ঈপাক্তগী
চেনথগ্রসনু ঙসিদি মনিংতম্না।।

৮

## লোয়রমদায় পুন্সি মিকুপনা

লোয়বমদায় পুন্সি মিকুপনা
নিঙমদ য়েংন্সি পুন্সিন্সিলা
মঙফাওনববোইদবা অশাগী মঙলান্না
কপহল্লি ঐবু নিঙমদনা।।

তবংনা হ্মদোবক্লিবা অয়ুক্কী
কোবৌবু হবাওনা য়েংসিবা
নৈথবক্কবা কোবৌবু ঝাবৌসিবা
তাইনফম নৈতে কনাদসু।।

লেপ্লাইদ্রবা মতমগী ঈচেলনদি
পুশিল্লি ঐবু তোর্ব্বান তমনা
কদায়দনো ঐগী ঝাখল
কদায়দনো ঐগী অশা।।

১

# অসুম্মা লোয়ম্ব্রগনি অহিংসে

অসুম্মা লোয়ম্ব্রগনি অহিংসে
থেংজিন্নক্লে মতম অসে
হায়বো নুংশিবা নঙবু
নঙগী বাশক্তু ঙাক্লো।।

মঙাওথিববা মালংগী শাহুমদা
লৈবাং খোইমু কায়নবে
তুফাং পাইবিবা পোম্বী-চেক্লা
লম্মাংনবে অমুবা নোংলক্তা।।

য়েংঙুনে নুংশিবা নঙবু
নুংশুক-নুংঙানববা অহিংসে
লাংতক্লবতনা থক্লে থম্মোই
হুমদোকলোনে অমংবা নোংসে।।

# নোংনা খুমজিনব্রবা থাজদু

নোংনা খুমজিনত্রবা থাজদু
হুমদোবকপা ঙাইনা ঙাইনা
ঐনা ফমখি অহিংদু
থাজগী তবংলবা মাইথোংতবু য়েংনীংখি।।

মনিংতম্মা থাবলদা শান্নজবম্বা
চেক্লশিং নীংবা কায়হনখি
থাবলদা পোংজবী থাবম্নেগী
নাপনদু মাংহনখি অমম্বনা।।

নিঙমখিদ্রবা অহিংদুগী বাবীদুনা
তাইবংগা শম্মহনখি ঐগী থম্মোই
কাউঙমদনা কাওত্রবা মহাক্তু
নিঙশিংনা লোয়খি অহিংদু।।

১১

# বসন্তগী নুংঙাইর কুম্মেসে

বসন্তগী নুংঙাইব কুম্মেসে
অসুম্না লোয়খিনি থাজকদে
চৎন্নবা ঋতু মাগী খোইবাংলিঙৈ
কালেনগী মৈশানা অমুক য়ৈনবে ।।

বসন্তগী নুংশিবা হৈনম লৈনমশিং
মাংন্নুনিদো মালংদা তিন্দুনা
হৌন্দ্রে পুন্সিগী বাবীশিংশু
নুপন্নুনিদো মতমগী ইবোন্নুংদা ।।

তিনন্নসনু ইঙা নোংলক্তা
নহাক কায়নবগী পিবাংসিনা
ঐগী ইচেলতবু ঙাইবন্নগনি
মবুক লান্নবা ইপাক্লা ।।

# কুমগী নোংখোঙ অহানবা

কুমগী নোংখোঙ অহানবা
য়াইফ পাওজেলনি তাইবঙগী
নাওয়োকফবী মালেমলৈমা খোংদাবক্নে
মালেমদা লাইজ ঈশিং পুদুনা॥

লৈহৌ-নোংহৌ নেম্নে কোবৌ মালেম নক্লবে
লাইজ ইবাওখোনতনা থনলে লোইজিং-লোইয়া
লৌমীশিংগী অব-তিতি খোঞ্জেলনা
নিনম্রে লৌবুক লমহাং পুম্বা॥

জগোইশাবি নোংখাঙ লৈমা
ইমা ইবেলশিংগী নুংঙাইব খুল্লং-ঈশৈদা
মবুক থন্না চেনম্রে য়াঙ্গংলবী তুবেলশিং
ইমাই থনম্রে পুম্রি পাং পুম্বা॥

# ইহৌরকপা ৱাখলগী ইপোমদা

ইহৌবকপা ৱাখলগী ইপোমদা
তাওথমিন্নখি মা-ঐ
মনিং তম্না শান্নখি
কান্নবা ৱাখলগী তোবৈদা।।

ইমায় থন্না চেন্নিবা
তুবেলগী ইচেল উবদা
পিক্রবা থম্মোইনা কয়াদা নুংঙাইজখি
কংবা নাইবোইদবা ইচেলগুম খঙ্গখি।।

খঙহৌদ লেপখি ইচেলদু নোংমদি
ইহাং হাংনা হুমদোকখ্রবা অতিয়াদু য়েংনা
বাবৌনা য়েংখি ঐনা
ৱাখলগী ইচেল পুন্নমক লেপখি।।

# থম্মোই হুবা হৈবা নওবু

থম্মোই হুবা হৈবা নওবু
নশকসু খংদে নমিংশু খংদে
কনানো নওবু কদায়দগী ল্যাকপনো
তপথখোনে ওাইঙমদবা নওবু।।

থম্মোই শিন্নবা ঙমখিবোই
কোলোয় নপাও শেংখো
নুংশি লমদম তাকখো
ঐগী ৰাহৈ তাখো।।

যাদু হৈবা নুংশিবা
ৰাঙাং হৈবা যাদুগব
ৰাহৈ কোচি থাংগনু
ঐগী থম্মোই ফাজিনগনু।।

# লম্মাংনরে পুন্সি ফম্বাকথকসিদা

লম্মাংনবে পুন্সি ফম্বাকথকসিদা
কদায়দনো ঐগী পম্বুং
অবাংপা লৈত্রে খল্লুবা
মাংখ্রে অশা পুন্না ।।

তাইবঙগী খোঞ্জেল মবক্তা
নঙগী নপাও তখিদ্রে
চেংলৌ শক্তম উখিদবা
চহি কুমজা মামলক্রে ।।

লাক্লবোইদ্রা ইনাকসিদা অমুকহন্না
ঙসিগী অবোইবা খোঙচৎসিদা
নহাকপু উনিংলম্বনি অমুকতংদি
ঙাইহিবিনে নহাকপু ঙসিগু ।।

# য়েক্তদি ময়েক্লগে নওগী শক্তমসে

য়েক্তদি ময়েক্লগে নওগী শক্তমসে
ময়েক লাবক্রে নওগী শক্তম
ময়াই কাববা ঐগী তুবিনা
নওবু ঐগী ইমাংদা লেপহল্লবে।

বাবী শানিংবতা ঙাওব থম্মোইনা
বাহং কয়া হংলুবে মঙোন্দা
ইমাংদা লেপ্লববশু ঐবু য়েংনা
বাহৈ অমত হায়খিদবে হান্নগুম।।

কাযনখিবগী অবোইবা শক্তমদু
য়েকলে অমুকশু ঐগী তুবিনা
নিঙমদ ঐবু য়েংদুনতা লেপখি
তবাববা মহাক্কী চিনবান্দু খুমজিন্না।।

# ঐ মাইথিরে ঙসিদি

ঐ মাইথিবে ঙসিদি
নঙগী পুন্সি ফম্বাক্তা
কল্লবা মতমগী ইচেল
লেংদ্রবা ইশাকুম উকবে॥

তাখিনি খল্লুদে কৈদৌনুংদা
মেংলবা অয়ুকী কোবৌ
কুমথকবে ৱাখলনা অমম্বা ইপাক্তা
লম্যাংনকবে ৱাখলগী মোংশোঙলক্তা।

ৱাহৈ অমতদি হায়নীংলম্বনি
ঐনা মাইথিখিবগী মবম
ৱাবী তাববদি ঐগী
নঙশু য়াগনি মাইথিখিবগি॥

# লাইবক্কী বিন্দি পুর্নিমাগী থাজ

লাইবক্কী বিন্দি পুর্নিমাগী থাজ
কনানা হেল্লি হায়সিগে ফজবসে
পাওখুম য়াম্মী থম্মোই য়াম্মী
লোৎলসনু পাউখুমদুদি নিংজবিবশিংগী মকাদুদা।।

থাবলগীশু লৈ ফজবা
অহিংগী দৃশ্য কয়া
বিন্দিগী নিংথিবা মাইথোংদগী
হেল্লি হায়বদি য়ানিংদ্রি কনানা।।

চেংলৌ হেল্লবী কনাগী
পুম্মুম তাবকপা পাম্বোম
তোংগানবী ঙকশমদা
সনাগী লিক্কু পবেংনা ঙানজবদু
ফজদে কবম হায়সিগে।।

# লম্বীচৎপা কদায়দনো নঙগী পম্মুংফম

লম্বীচৎপা কদায়দনো নঙগী পম্মুংফম
লৈতে নঙগী পোথাফম
পুদুনা চৎলু শাববা ৱাখলদু
ৱাখল মানা লৈতাজবা মফমদুদা ।।

হাযবম্বদায নোংমা নঙনা
ৱাজবতনা পেঞ্জবনি ঐগীদি
কবিগী কপ্পবি পুক্নিংগী চিদায়সিদা
কবি ননিং থুংদ্রবা লম্বীচৎপা ।।

খৌবাংলিঙৈ চানীংবা ফাওবম্বা
মবুক থনখিবা থোক্লবা কবিগুম্বদা
তাখিব্রা কনানা কবি থনখিবা
মবুক লাম্লবা চাকনিবা অমগীদমক ।।

# নিংশিঙত্র ইতা নুংশিদ্র মতমদো

নিংশিঙত্র ইতা নুংশিদ্র মতমদো
অঙাং নব্বা ওইবিঙে মতমদো
শাবেপ ফাবস্লে তালা-পামেল
মপুং ফাবস্লে ঙসিদি লোয়নমক ।।

ইতানা থেংখিবা শমজিবৈ নাচোম
কেনস্ত্রে মফম খংদ চোয়জায়না
খোগংখিসিবনে ইতা ফাববা শমলাংসে
ঙাওববা মালংগী ইপোমলকসিদা ।।

ঙঙ্গান্নববা চীংগী নাপোম মকমদা
কোবৌ মাসু ফিকক খুন্নকলে
য়েংঙুনে ইতা অমুক্তা য়েংঙুনে
মমশিল্লক্কবা পুন্সি কুম্মৈসে ।।

# ইরম্লগে লোয়নাইদ্র ৰারীশিংসে

ইবম্লগে লোয়নাইদ্র ৰাবীশিংসে
যৌদু নুংপাকথকসিদা
চাম্লসনু নীংবা কাইববীশিংগী
মিংলু পিবাং কয়ানা।।

লম্বীচংপা হো লম্বীচংলিবা
পাবখো ৰাবীশিংসে অমুক্তা
লিবম্মু নওগী নুংঙাই ৰাবী
পোথাহল্লু কায়ম্র থম্মোইসে।।

নৈতবে পোথাফম কৈদসু
তায়োম্নবীবে নোংদম্বা মানসু,
মতমগী নোংলৈ অকনবা
হুমলুবাও থম্মোই তম্না।।

# লাক্কব্রা পোইনু থা

লাক্কব্রা পোইনু থা
য়াওবক্ত্রা পাম্মুবা মাদি
নুংশি ৱাশক্লখিবনি অদুগৈ
চিক্ল অহিংগী থাবলদা ॥

নুংশি নঙবু ঙাইবকপা
ইক ইয়াং তাবক্লে
উপাল ৱাপাল খিবীকগু
খাংঙমদ্রে নিংথমগী চৈনাসে ॥

উৎলম্লগে নুংশি খুদম
পাম্মু নঙনা লাক্লসু
তম্লম্লগেকো ফৌগি খুদোলসে
লাইবেম্বী ঐবু কাওদনবা ॥

অপাম ৱাখলনা খম্লকান
লাকউকো মপোক লাংওন অমদা
ঙাইবমগেকো নুংশি নঙবু
নুংশিবনা লাইনিং ওইজবীনা ॥

# চৎখ্রো নুংশিবা নহাকসু

চৎখ্রো নুংশিবা নহাকসু
পোথাবো নিংশিংবা নহাকসু
পোৎথাহল্লু ঐবু অমুক্তা
নিঙাইদনা তুমহল্লু মিকপথোক্তনা ।।

পুখ্রো অদুঙৈগী নুংশিব্রাবি
নুংশিবা নহাক্লা চৎখিবদা
কপহৌবসনু মৈশা লাংল থম্মোই
নুংশি মাইকৈ য়েংদুনা ।।

নিংথাযবক্লবা নিংশিঙ ফুবা
হুমদোকখ্রসনু মাইকৈ খংদ
পুদুনা চৎলুবাও ঐবুসু
খমুং শব্রা লমদমদুদা ।।

# করিগী লোৎলি পিরাংদু

কবিগী লোৎলি পিবাংদু
ঙাওববী ফিভমসি উবগা
কপ্পগনু চান্নবা নহাক্তি
নোকলমউনে ইতৌসে উবগা।।

শ্যাংলবা নুংশি লম্বীদুদা
চানবীবমদবনি নোংমতশু ঐবু
ঙসিনা কবমবা পুকচেলদা
ঐবু নিঙমদনা য়েংলিবা।।

প্রেমগী ভিক্ষা নিখিবদা
নুংশি হু থকহনগ্রবা ভিক্ষবিনি
হৃগী ময়াইদুনি ঙাওবিবা
ঐনা ঙসি মীয়ামলকসিদা।।

২৫

# করিগী নিঙশিংলুরি মাবু

কবিগী নিঙশিংলুবি মাবু
মৈশা লাংগনি খলহৌদনা,
চাক্লবেদো মৈবী থোক্লা
থম্মোই লকা য়ৌশিন্না॥

মৈবীতবু পামজবী মৈবানবী
শিখিবনি মৈবীনুংদা মদোম
কবিগী খুংলুদে নুংশি মৈচাক
মৈচাক্কু খাংঙু থম্মোই॥

শিগনি খংলবা থক্লগা
কবিগী থকচিল্লি হৃদো,
মসিবু কনাগী মবালনো
থম্মোইগী মবান্নি হায়সিবা॥

# তিলহৌরনিদো হাংলবা মালংদা

তিলহৌবনিদো হাংলবা মালংদা
অদুঙৈগী নুংশি ঝাবিশিংদো
কনাগী চিবোন্দা কায়নখি
মফম খংদ তাম্নখি।।

নিঙশিংবা থোক্তি ঙসিশু
ঐনা লানখিবা মিকুপতো
হুনদোকপীবমখি ইবাল শিবীদুনা
অমুক ফাওবা উন্নখিদনা।।

উন্নখিদবা থোক্লবা মপোকসিদা
খনথ্রনিদো লান্না মপোকসিমগী
লানজদবীনি হায়না তপ্লন্মুকো
কোয়না হুমলিবা মাংলংবা।।

# খল্লবোই খল্লুই য়াদে

খল্লবোই খল্লুই য়াদে
ইনাক্তা য়ৌবকপনা হাল্লখি
মহাক্কী নোকমিববা মাইথোংদুনা
ঐবু তত্তনা ঙাওহনখি।।

অহিং কয়ানি ঐনা
কাওবা তমখিবা মাবু
মিৎলু পিবাং শিন্থনা
থম্মোই মৈচাক থাংখিবা।।

চংলোকো চান্নবী থাপ্লা
থম্মোই লকাসি থাদোকলম
অকাও পবৈ চন্নবসি
নুংশি খংদে শোন্নবগুমসি।।

# হৌদোকপীরি লিরবা বাখলনা অনৌবদা

হৌদোকপীবি লিববা বাখলনা অনৌবদা
ঐবু ফমহনখি ঐবু খলহনখি
লোয়নাইদ্রবা পুন্সি লিলা য়েংহনখি
ঐবু কপহনখি ঐবু নোকহনখি।।

মাংশিল্লকলে খল্লুবা বাখল কয়া
হুমদোক্লক্লে মতমগী নোংলৈ নুংশিংনা
শংলন্নগে খল্লুবা কোক্লবোয়দবা মচু
কৈদনো অশা কৈদনো পম্বুং।।

কপ্লকলে লোয়বমদায় পুন্সিনা
য়েংলকলে মিস্লাদো তথক-তথক্লা
কুপশিনখ্রনিদো অমুবা লৈচিলনা
নিঙমহৌদ্রবা বাখল কয়াদু।।

২৯

# চিক্লবা অহিংগী দৃশ্যনি

চিক্লবা অহিংগী দৃশ্যনি
ঙাওহনখি থম্মোইবু থাবলনা
কপহনখি থম্মোই অমশু
থাবলনা মৈবী ওইদুনা।।

শিঙ্খবি পিবাং লৈবাংশিংনা
অহিংগী লিক্লা তাবক্লগা
লৈবাং কায়নপ্ত্র লৈখোক্লা
খাঙহৌবি কপ্পা কপ্পা।।

চৈনা খংদবা থাজদি
চিক্লা ঙাল্লি অতিয়াদা
য়েংখিসিবনে ঙসিগী দৃশ্যসে
চংলসিবনে ঐবু অশুম।।

# থাদি থোকলি মল্লি অহিংদি

থাদি থোকলি মল্লি অহিংদি
হুমলি মাংলংনা ইংদে ৱাখলদি
থাবলদা ঙাওজবা লৈবাং মানা
মগুংলাং কনাবুনো ঙাইবিবা ।।

অপাইবা লৈচিল অঙাওবা নোং
লুমশিল্লিব্রা চান্নবিগী লম্বী
মাংহনবা ওইয়ু নঙগী লম্বীশু
মবৌ লৈবা নোংথাঙ মানা ।।

কাবি মাইহিং ফজবা মাইথোংদা
পুকচেল শেংদে থাজ নুংশু
মৈবী ওইবি ইংলবা নঙালনা
নীংবা কায়ববা তাইবং কনাদা ।।

# ঋারোইচীং খুরুম্বদা নঙনা

ঋাবোইচীং খুরুম্বদা নঙনা
নমখিবা সিন্দুব ঐগী লাইবক্তা
লৈবি ঙসিশু কনা উদনা।।

পিথকখিবা পুজাগী শঙ্গোম্না
চেল্লবে হুগুম ঙসিদি
শিনখবে কয়াৎ খুদিং
চূববে নিঙমদা মৈবী।।

উপাল ঋপাল শিবগী খুভম
শাখিনি নখোয় মুৎলবোইদবা
লাক্লবদি চান্নবিনা চীংসিদা
তম্বীয়ু ঋাবিসে মঙোন্দা।।

# লিবখো ৱাবী তন্নখো মপাও

লিবখো ৱাবী তন্নখো মপাও
পেনবা লৈতে মাগী ৱাবীদা
খঙদে কবি লাইৱাবু পুবনো ।।

খৎনৈ তত্তনা হৌজ কয়াদা
লাওনৈ চিন্নসু থেংখাং কয়াবক
ঙমদে শাওবসু মঙোন্দা কুইনা
উনিংই মিকুপ খুদিং থাংঙমদে ।।

কবি মবিবু থোক্লবা মাগা
পেনবা লৈতে মাগী ৱাবিদা
লুপলুই থৱাই মাতগী মঙলান্দা
মান্নে চাবা চাদবা খেৎনদে ।।

# নুজা থম্মোই খংশিন্নদা

নুজা থম্মোই খংশিন্নদা
চৈনা ফাওদ শাদুনা
চংখ্রে মাদি নিঙাইদনা।।

মাগী লৌনম ঋাহৈতনা
থম্বীবন্নে অঙাওবীগুম
হৌনশাবা নুংশিকবা
নঙগী থম্মোই কনমল্লিদা।।

লাইবক থিবী মপোকসিদি
উপায় লৈত্রে খাঙজনবা
মাবু নুংশিকবা থম্মোই
কেন্নদব কপ্পা কপ্পা।।

# লাইবক ফবী ওইখ্রবী নঙবু

লাইবক ফবী ওইখ্রবী নঙবু
হায়ববোই নুংশি খঙদবীনি
পল্লমগেকো অসিমতংদি
নুংশি লৌনশ্বীনি নহাক্তি।।

নঙগা থুংনদ্রবা পুন্সিসে
নঙবু নুংশিদেদি হায়গনু
পুকচেল লেপ্তবী নঙবুশু
ৱাবৌবা নত্তে থম্মোইসিনা
কপচবনি ইদোম তুমিন্না।।

লেল্লগে মপোকশিমদি
নঙগী নুংশি পুজা হৌদুনা
থাবলনা ইপোম হৌব অহিংদা
ফৌনানা জগোই শাবা কান্দুনা
ফংদবা ওইয়ু মৈচাকসে নঙদি।।

# ফজবা হায়বদুদা নুংশিবদু যাওব্রা

ফজবা হায়বদুদা নুংশিবদু য়াওব্রা
নুংশিবা হাযবদুদা অপাম্বদু পোকপ্রা
হায়ুনে প্রেমগী মূর্ত্তি খুম্মুনে চান্নবী।।

শুমহৎপী মাইথোংদা তুমিন্না ফন্নিবী
নঙবু নুংশিবগী হৌবকফম নত্রা
পামজবা মকাদা নুংশি লৌনম্ববু
নুংশি মৈবিতবু চুখৎলোয় খনব্রা।।

পিনীংদবা নুংশি খুদোলনা কাযহৌববু
তুমব্র থম্মোই মৈচাক পিবমগে খনব্রা
নিঙমদ লেনবা তাব থম্মোই উবগা
নুংশি খংদবী থম্মোইদু পেনগদ্র।।

# শিন্নবম্বা শিন্থাবু কাওথোক্ল

শিন্নবম্বা শিন্থাবু কাওথোক্ল
হিপলব্রা চিতাথক্তা নঙদি
হায়বম্মু পুন্সিসিনা কদোমদা
পাবি নব্বাসিনা কনাদনো ।।

থাদোক্লন্নে ঐবু পুন্সিগী ওইনা
তমহৌদনা ইপাও কয়া নফমদা
হায়বমদে ব্বাহে অমা ঐঙোন্দা
কায়নবনা হাল্লে লম্মখ্বাংদা
উনদনবা ওইবে শেন্নুবা লৈপুন ।।

তাইবং ব্বাংমদা য়ৌখ্রবী নঙদি
তাবল্লোই নতাবোইশিংগী তেংথা
কনাই ফিজি মকমদা কনানা
কৌবি কায়নখ্রবী নঙগী থব্বাই
থিবি কায়ব থম্মোয়না মালেমদা ।।

# চেকশিন্না থমগে নুংশিবসে

চেকশিন্না থমগে নুংশিবসে
কনাদসু হায়দোক্লোই কৈদৌঙৈ
লোংনা থম্বা নুংশিবা
পেনবা নাইদে য়েংবগী।।

চীং লেম্লবা মাইথোংনা
থাজদনা য়েংলকপা মীৎয়েং
নিঙোল পুক্লিং ঙাওফমনি
শিঙেলগী নুংশি মোংফমনি।।

ব্রা ঙাংগন্দবা নুংশিবা
ঐগী নুংশিবা নঙবু
ব্রাহে অমতা হায়ববোইদ্র
ঐবু নুংশি হায়না।।

# লৈচিন থাংলবা ঙসিগী অতিযাসিনা

লৈচিন থাংলবা ঙসিগী অতিয়াসিনা
চিংনবা পোকহল্লে ননাক্তা চৎনীংলুবা
অমুবা লৈচিলশিংনা
থৎলবি ঐগী মাইকৈ খুদিং।।

ঙাইহাক পোৎথাগে খল্লুই লৈকোনসিদা
চিংননা যেংলি পোমশাৎনবী লৈবাংসিনা
মিকুপ কাংদনা কুপিলবা নোংথাঙসিনা
চিংনবা হেনগৎহল্লি পুক্লিংবু।।

ননাক্তা যৌনবা পুক্লিং লম্বীদি
লাপুনা লৈবে ইনক নক্লা
অশেংবা লম্বীদুদি লৈবি তাম্লা
কবি থোক্লগবা ঙসিগী নোংদমসে।।

# ঐগী ৱাহৈ কনখ্রমাল্লে

ঐগী ৱাহৈ কনখ্রমাল্লে
ঐগী ৱাহৈ লানখ্রমাল্লে
অকাও পবৈ চল্লুবে
লমলানবী ওইখ্রে কাউকুবে ।।

নঙনা লমলানবী ওইবমদ্রবা
ৱাহৈ পুম্না তাবীবমগনি
মিৎলু পিবাং শিন্থনা
ঐবু যেংনা লেপ্লমগনি ।।

মবাল লৈববা থম্মোইসে
ফংজবগে পাপ পুম্না
লমলানবনি ঐদি নঙগী
নঙনা যেংনীদ যেংলিবা ।।

# লোযখ্রগদবা পুন্সি খোঙচৎনি

লোয়ন্ত্রগদবা পুন্সি খোঙচৎনি
লিনীংলম্বনি ৱাবী অমতং
নুংশি নঙগী নফমদা
নাপ্পা চিক্লা তাহন্নীংলম্বীনি।।

পুন্সিগী অবোনবা খুদিং
তমজগে খল্লুবনি নফমদা
পামজবা খুদিং পুন্সিগী
ফোংলম্লগে খল্লুবনি নকাদা।।

শিন্নবন্নগে খল্লকপা মিকুপ্পা
থৱাই হকচাং যাওনা,
লাকখিদ্রে নুংশিবা মহাক
অমুক হন্না ইনাক্তা।।

# নুংশিনা হাযখিবনি ৱাহৈদু

নুংশিনা হাযখিবনি ৱাহৈদু
শাওখিবা নৈতে থম্মোযসিনদি
কপলিবনি পেন্দ্রবা থম্মোইসিনা
নঙবু যেংনা যেংনা ॥

নঙগী পুক্সিগী যাইফবদা
ঐগীশু শরুক যাওবিবনি
শাওখিবা থোক্লবা কবিগুম্বদা
মাংখ্রগনি থম্মোইগী মবিশু ॥

নিংশিঙলুবা খুদিং কাওববোইদবা
নিঙমদা মৌবিনা কোইশিনখ্রবা
পল্লোন্নুংশিদনি ঐনা লেনলিবা
নঙবু নিংশিং নিংশিংনা ॥

# কদাযদনো নুংশি পম্বুং

কদায়দনো নুংশি পম্বুং
ওন্ননা চৎলি তাইবংসিদদি
নওগী পুন্সিগী অশা
ঐগী পুন্সিগী মঙলান।।

পীবা ঙমগনি থাজদ্রি
নওগী পুন্সিগী ভিক্ষা
ফোংবা ঙমগনি থাজদ্রি
নওগী পুক্রিংগী পাখোং।।

নওগী পুন্সিগী অশা
ঐগী পুন্সিগী মংলান
তাইওন্ননা চৎলি তাইবংসিদদি
কদায়দনো নুংশি পম্বুং।।

# তাল্লবা চীংনুঙসিদা পোথাহনগে লাকপনি

তাল্লবা চীংনুঙসিদা পোথাহনগে
লাকপনি ব্লাববা থম্মোইসে
লাংতক্লহল্লে ঐবু অমুক
নুংহিক্লববা খোঞ্জেল অমনা।।

নাওশুম ঈশৈবা লাইবেপ্পীগি
পোথাহনখিবা ঙমখিব্রনে কনাগুম্ববু
মিববা মহাক্কী শুবসিনা
তত্তনা হংজখি ইদোম।।

ঈংলবা চীংজুম লাইজলক্তা
তিনত্রগে লেপ্লে ঙসিদি
মসিনা অচুম্বা লম্বীবা
হংখিসিবনে কনাদা অমুক।।

# মাগী পুক্নিং ওনখ্রমাল্লে

মাগী পুক্নিং ওনখ্রমাল্লে
ঐগী পুক্সিগী ৱাহং
মাগী থম্মোইগী পাওখুম
ইচান চান্নখিদ্রে ওসিদি।।

ঐগী ৱাবীতবু তাগদবগী
ঐবুতা ওাইবতা ৱাজবন্নীনি
মমি শান্নক্লমাল্লে মাগী
ঐগী পুক্সি লৈপুন।।

থাজদে অসুম্না মহাক্না
পুকচেল ওল্লকনি হায়বসি
ওইথোক্কবা হাযবসিগু
লৈবমদ্রে নুংশি লন্নীদগু।।

# ব্রাকচীংগি গুলাপ শকহেনবী

ব্রাকচীংগি গুলাপ শকহেনবী
অহিংগী লিক্লাবু খাংলিবী
নুবা নঙগী নগুনবু
পাইম পুক্লিং নুংওল্লুবে।।

নিঙোল ঐগী পুন্সিসু
লৈবাং নঙগা পাংথক্লি
মাঞ্জ মকা যৌবকান
নহাকুম অখাং কঞ্জগে।।

মচোই তাববা নঙগী
লৈনানা লৈমাযথক্তা কেনখিবা
নিঙোল পুক্লিং মিপাইজৈ
পাইম পুক্লিংসে কিজৈনে।।

# ঐগী পুক্লিং অশোনবী

ঐগী পুক্লিং অশোনবী
নুংশিবা লাকপদা লোংকনবী
উন্নবে হাযঙমদবী
উন্নদবে লৈঙমদবী ।।

উশিন্নদা যেংহৈবী
তুমিন লৈবে চফুঙশ্বী
ঙাংথোক্লনা লোনথোকপী
খংলে নঙগী কোচিদো ।।

তোক্লসি মকুপ ওইবসি
ঙসিদগী নঙগা ঐগা
পোংথাহন্দ্রে নঙনা ঐবু
তুমহন্দ্রে মিকুপ অমফাও ।।

# মুথংলগে খল্লুই ইখুংমক্রা

মুথংলগে খল্লুই ইখুংমক্রা
নঙগী যেকস্ত্রবা শক্তমসে
মযেক লাবক্লে হেন্না
কদাযদনো ঐগী রাখল ।।

কল্লবা তুবেলগী ইচেল
থিংবা ঙমখি সমুদ্রনা
থিংলগে খল্লুবে নুংশি
ইচেলদু ঙাওববা থম্মোইনা ।।

শাববা মরুভূমিগী লমদমদা
লৈখিবা নত্রা মরুদ্যান
কবিগী লৈত্রি মীনুংশি
নুংশি নঙগী থম্মোইদদি ।।

# নহাক্লা হাযযু চান্নবী

নহাক্লা হায়যু চান্নবী
থম্মোয়বু তত্তনা ঙাওহল্লীবা
কবি হুগে লাকলিবা
চিক্লবা থম্মোই লৈকোনসিদা।।

মংলান কযাদা শান্নখি
হবাও তযাম্না নঙগা
থাদোক্লমখি অমুকসু ঐবু
থিখি ঐনা মফমখংদনা।।

লাইবেম্বীবা হায়যু নুংশিগী
কুইববনি নহাকপু থিবকপা
খুদুম চল্লেদো ঙসিদি
পুল্লবনি নঙবু পুঙ্গিসিমগী।।

# হো মালংবা হো মলৈযা

হো মালংবা হো মলৈযা
পুদুনা চৎখ্রো ইপাওসে
চীংযা লান্না হুন্নুবো
নাপ্ল চিক্লা তন্নুবো।।

লোযবী চীংগী নাপোমদা
বানা শিন্থা পাংলিবদো
নঙগী নপাওবু ঙাইবমগনি
নঙগী মাইকৈ যেংলমগনি।।

কিদুনা চেল্লুনু কৈদৌনুংদা
নোংগী মপৈ উবগা
থৈদুনা চৎলু কোযনা
চান্নবা মহাক্কী মনাক্তদা।।

# শুমহৎলো ঐগী থম্মোইসে

শুমহৎলো ঐগী থম্মোইসে
নঙগী খোঙজি মখোলনা
তাম্বা নাইববা শাথেক্লা
লাপথোকহল্লো মীয়েংশু তাইবংদগী।।

মাংখ্রসনু পুক্সিসে মফমখংদনা
থাদোক্লে অপাম্বা খুদিং
যেক্লবা ওইবল্লে তাইবঙসু
তাম্নবমলে থম্মোযশু চিনবানগা।।

কবিগী লেপ্লি জগোইদু
ফজবা শাথেক্লুনি ঙাইবিবা
ঐ খঙলে মবম
নঙনা জগোই লেপখিবগী।।

# কযাদা নুংশিববা ঐখোযগী লৈবাকসে

কযাদা নুংশিববা ঐখোযগী লৈবাকসে
মহৌশা লাইবেপ্পীনা শেম্নম্বা লৈবাকনি
শক্লশি শোম্লসি মগুনবু ঐখোযনা
শ্বৰ্গ লৈবাক্তগী হেল্লি লাউবসি।।

শংলেন ফিজোলনা লৈতেংলে
দেশ নত্তে লাইবৈবাকনি
হিন্দু, মুসলিম, শিখ, ইসাই, চীংমী তম্মী
ইচিল ইনাও ঙাক্তনি পুম্নমক।।

লৈচলনি মান্নদবা লৈখর্লশিংসে
কাযনবদি যাবোই ঐখোয কৈদৌনুংদা
ঐখোযগী লৈবাকনি অনৌবা ভাবতনি
পুল্লসি ঐখোয অমতা ওইনা।।

# মল্লবা থম্মোয অমদা

মল্লবা থম্মোয় অমদা
থাজগুম ঙাল্লবি মঙাল অমদি
শান্নজবি নোংইল ওইনা
হবাওনা মঙালদুদা ঐনা।।

কুমজা কযা ঙাইখিবনি
মঙালালদুনা থাজ ওইনা থোকলবা
নোক্রবীখি থাবলগী লৈবাংশিংনা
ঙাওব ইতৌ উবদা।।

খাযনবীখি থাজনা থাবলবু
অমংবা নোংনা পাইবকপদা
খনজিনবীখি ঐগী থম্মোইবুশু
মাংখ্রবদা মঙালদুনা থম্মোযদা।।

# কবিনো হাযযু মীওইবা

কবিনো হায়যু মীওইবা
তাইবঙসিদগী নঙনা পাম্লিবা
ঙসি নোংমতগী পুন্সিনি
চেংজেল তাম্লিব্রা নিনিগী।।

অপেনবা লৈত্রবা মীওইবা
পেনগনি কবিবু পীবগা
মযাগী লৈতেংনি শেম্লিবা
কনাগী নত্তে লৈতেংসে।।

তনিক্লবা লোযবমদায পুন্সিনা
খাঙজবমগনি নিঙম নিঙমদনা
চৎখিনি মীওইবা নীংবা থুংদনা
খংজবক্তনি পুন্সিনা পুন্সিবু।।

# কপহল্লে ঐবু চিক্ল অহিংসিদা

কপহল্লে ঐবু চিক্ল অহিংসিদা
নিঙশিংহল্লে অচিকপসিনা
অশি লমদম য়ৌস্র মাবু।।

নিনিগী হিংবা পুন্সিদা
কবন্বা মৈচাকপু ব্লাৎলিবা
মল্লবা থাংপোক্লুংসিদা
কবিগী নিংশিংহল্লি অমুক
চৎঙমদনা চৎস্রবা মাবু।।

থিবক্লবোই মানা অমুক
ইপাং শেৎনববী ইতৌদা
পেল্লিব্রা নোংদম্বা নঙনা।।

# মরুপলোই নঙবু নুংশিবা

মরুপলোই নঙবু নুংশিবা
পুন্সি কাংদোঙ ফাবকঙৈ
মরুপ ওইবা নঙবু
নঙগী পুন্সি লিলা লোযববোই।।

নিনিতগী হিংবা পুন্সিনা
নোংমতসু খল্লুদে অবোইবগী
ঙসিশু খল্লুই ঙবাংগুম
মহৌশাগী খোঙচৎতি লোযবম্মী।।

পুন্সি খোঙচৎনি হাযসিবা
হৈনা তুংইনবসু ঙমদ
পাক্লবা পুন্সি তুম্নৌলক্তা
ইদোম থাদোক্লমগে খল্লব্রা।।

# নঙবু নিংশিংবসি নুংঙাই

নঙবু নিংশিংবসি নুংঙাই
ঐ নুংঙাই নিংশিংবসি
ইদোম ভুর্মন নিংশিংগে
ইদোম শিম্পুসনু পিবাং।।

ইনাক্রো লৈববদি নিঙশিংবসিনা
মযেং তাদে উন্নাবদগী
ইদোম পোথাগে ভুর্মিন্না
রাখলনা পামজবা নমদমদুদা।।

শান্নাজসনু ঐগি রাখল
নুংশি মাগী মনাক্রো
তাইবঙ কনা উঁদনা
ঐ লৈগে নুংশিনাক্রো।।

# লোন্না লৈযু থম্মোই লকাদুদা

লোন্না লৈযু থম্মোই লকাদুদা
লাংচগে নঙবু মিকুপ খুদিং
ফোংদোকনীংদে নুংশিবসে কনাদগু
ময়েং তাখিনি মীপাইজৈ।।

চীং লেন্নবা নুংশি মাইথোং
নিঙোল পুক্লিং লৈতাফমনি,
তয়াং-তশোয়বা নতৌ
নিঙোল পুক্লিং পোথাফমনি।।

য়েনীং থানা লাক্লগা
শিঙেল নাচোম কচ্চগে
পাম্মু পুক্লিং খোয়দানা
নুংশি খুদোল লৌবীয়ু।।

# মীগীদি মচা নুংশিবা

মীগীদি মচা নুংশিবা
নুংশি নোংদম ওইবা নঙবু
চেংলৌ শক্তম উকবদি
পাইমা পুক্রিং নুংওনখ্রে নুজানা ।।

নুংশি নঙবু উকবা মীকুপ্পৈ
নুবাগী থবাই মঙামক
মিগা থ্যাগা তককমক
কংখ্রবনি নুংশি নফমদা ।।

লোযদাম থাবুম যাম্লকলে
চেংলৌ শক্তম উকবদি
নুংশি লমদমনখ্রবা
ইশুংলাঙ কনাগী মফমদা ।।

নুবানা লৈশাং তমলিঙৈ
খোঙদোয় হুম্লক্তবা থোক্লবা
চাকখ্রসনু শমু হকচাংসে মনিংতম্লা
তাঙ্গোয তানা নিঙমদ মৈবীনা ।।

# দিপ্বানিতাগী কুম্মৈ নুমিৎতা

দিপ্বানিতাগী কুম্মৈ নুমিৎতা
মচু মচুগী মৈঙালক্তা
তত্তনা হোংখি মাগী কুচু
কযাদা শুমহৎখি নুমিৎতু।।

কুম্মৈ অনি ওইখি
য়েংবগী পেনবা নাইখিদে
মীৎচানবম্বা মীম্না অনিনা
ইচেল ফাওনবকখি থম্মোইদা।।

শুমহৎলবা থম্মোই অমদি
খঙহৌদ লম্মাংনখি ইঙাও ঙাওনা
খোংফম লেংদনা লেপহৌবে
নুংশি মাইকৈ য়েংনা-য়েংনা।।

# চেকশিন্না থমগে নুংশিবসে

চেকশিন্না থমগে নুংশিবসে
কনাদসু হায়দোক্লোই কৈদৌঙে
লোংনা থম্বা নুংশিবা
পেনবা নাইদে যেংবগী ।।

চীং লেম্লবা মাইথোংনা
থাজদনা য়েংলকপা মীৎয়েং
নিঙোল পুক্রিং ঙাওফমনি
শিঙেলগী নুংশি মোংফমনি ।।

ৱা ঙাংগন্দবা নুংশিবা
ঐগী নুংশিবা নঙবু
ৱাহৈ অমতা হায়ববোইদ্রা
ঐবু নুংশি হায়না ।।

# বসন্তগী নুংশিৎ নামিবা

বসন্তগী নুংশিৎ নামিবা
নিঙোলগী পুক্লিংবু খোইবাংহনবা
নুংশি মপাও পুবকপ্রা
নুংশি মাইকৈবু খংলকপ্রা ।।

বসন্তগী হৈনম লৈনম
লৈবাং খোইমুগী ব্লাবি
নিঙোল ঐদি খোইবাংলেদা
থম্মোই মাদি লৈঙমদ্রে ।।

খোইমুনা কবি হাযবিবা
লৈবাংনা কবি খুমলিবা
লাংতক্লবে ঐগী থম্মোই
কবি পাওখুম্লসিগে পাম্মু মঙোন্দা ।।

# থাপ্লা য়েংঙু ফজবদি

থাপ্লা য়েংঙু ফজবদি
মাংখিনি ফজবা নকশিল্লবদি
নওগীনি খল্লনু ফজবা
খল্লুবা মিকুপ্তা মাংখিনি ফজবা।।

শাংসনু লৈবাং মনিংতম্লা
হেক্কে খুল্লনু কৈদৌনুংদা
হেক্লুবা মিকুপ্তা লোযখিগনি
লৈবাংগী ফজবা পুন্না।।

ফজবগা কায়নববা থম্মোই
লম্মাংনববা পুঙ্গিনি
লাপ্লা লৈববসু ফজবা
মগুন মাংদে কৈদৌনুংদা।।

# লিবন্নসিবা ৱাবীশিংসে

লিবন্নসিবা ৱাবীশিংসে
ঙসিগী তাইবং মীযামসিদা
কাযখিগদ্রা নুংঙাইব মঙলান
অৱাখংদ্রবী মাগী পুক্নিদা।।

মৈচাক খাংবদা ৱাববা
থম্মোইনা শিন্থবি পিবাং
পোংথাফম থিবি মালেমদা
মনিং থুংদ্রবা হকচাংবু পুবদুনা।।

হূমলি ওলাংবা মালংনা
পুক্নিগী অঙনবা অযুক্তা
মৈশা লাংল থম্মোইনা
থিবি পুক্নিগী চংজফম।।

# নঙদি যাওবমদ্রে নপিজালক্তা

নঙদি যাওবমদ্রে নপিজালক্তা
লেপ্পল্মী কবি-খংদ উপালদুদি
মহৌশাগী খোংচৎ পুম্বা
হোংবা লৈবমদে কবিশু ।।

নহাক লৈত্র তুংসিদা
লিববি অদুঙৈগী থৌদোকশিং
কপহল্লে অঙাওবগুম থম্মোইশোক্লা
থিহল্লি ৱানা ফংলবোইদবা নঙবু ।।

তাহল্লবোইদ্রা অদুঙৈগী ৱাহৈশিং
ঐঙোন্দা ঙসি অমুক
বন্দিগী যুম ওইহৌবে
নুংঙাইববা য়ুমসে ঙসিদি ।।

# শক্লমখিনি ঐগী ঈশৈ

শক্লমখিনি ঐগী ঈশৈ
শুব যাওদ্র খোঙ্গেলসিদা
মাঞ্জ মাগী মাকাদুদা
হোংখ্রবশু যুমনাক শাগৈ ।।

ঙসিশু লৈবি ইনাক্তা
থরাই ওইবী মাগীথরাই
মুৎলু যাদে নুংশি মৈচাক
নিংশিংলবোই যাদে মাবু ।।

থরাই মানা লৈবিমখৈ
লৈবমখিগে নুংশি শৈবোলসে
পামজকবা ঐগী শৈবোলনি
শম্থবকনু পিবাং নহাক্তি ।।

# চন্নবা ঐগী ফাগীদূদা

চন্নবা ঐগী ফাগীদূদা
ওইত্রে তম্মীথনা কায়নবা
লৈরাংবে লাংগা ঐবু
শরীবন্নে ইশাল ওইনা ।।

মাতংগী থংনমবা পাম্ম
থংববমদ্রে মাংগী থাম্মোইনা
ও ওন্নে নুংশিকবা
মেক্লবা ওনদ্রে পামজকবা ।।

লাম্পুথাক্তা বরে মাপাকসনা
কায়নবা তারে মখোকসমগী
ইদোম্ম হংখ্রে বাইং কয়া
লৈরীক পাওখুম ফাংলে মানিংদা

# কায়নবা হায়বদু ওইবমাল্লে

কায়নবা হায়বদু ওইবমাল্লে
উখিদবা কুইবে নুংশি মাইথোংদো
খল্লুদে অসুম্না নোংমতসু
ঐবু থাদোক্লমগনি হায়না ।।

কবম্বা পেন্দবা অমদা
ঐবু কবিগী মাবৌখিবা
হায়বম্নবদি নাম্ল চিক্লা
লেনজবমগদবনি পুক্সিসে পেন্না ।।

থাদোকপা ঙর্মাদ্রি ঙসিশু
নিঙমহৌদ্রবা ঐগী থম্মোইনা
পোৎথাবি মাখলনা মনাক্তা
পুক্সিগী অবোইব ঙাইদুনা ।।

# মৈশা পুববী মৈগী চীং

মৈশা পুববী মৈগী চীং
তুমলি অচিকপদা কনাখংদ
পোকখায়বনি নোংমদি শোয়দনা
ফোংদোক্লখিনি মাগী মপাও।।

চহি কুম্লাং চুববা
অদুগৈগী নিঙমদা রাবির্শিং
তিনখ্রবনি মাগী ইবোন্নুদা
কনাখংদ উৎচৌদনা।।

মৈশা ফাওদ্রবী কনানা
শান্নবি ঙসিগু চাংমাইর্সদা
রাবক্রা খাংবদা মৈচাক্তু
লোনথোকত্রবী মৈগী চাং।।

# থাদোক্লীংদা থাদোক্লম্বনি নঙবু

থাদোক্লীংদা থাদোক্লম্বনি নঙবু
কবিগী ব্রাবৌবি ঐবু
য়াইফ খোঙচৎনি ঐগী
শকক য়াওবিবনি নঙগীশু ।।

নুংঙাইব পুন্সি অমগী
ব্রাবী লিবখিনি নঙোন্দা
নঙগী থব্রাই মিবেন পুদুনা
চৎলির্বনি খোঙচৎ অমগীদমক ।।

উদবা মিকুপ খুদিং
নিংশিংবা ওইযু ঐবু
নিংশিংবনা ননাক্তা লাক্লবদা
ঐশু ননাক্তা লৈবে খল্লু ।।

# কবিগী কপ্লি নঙনা

নুপা কবিগী কপ্লি নঙনা
ঐগী বীনাগী খোঞ্জেলসি তাবগা

নুপী মফমশু খংদনা হাযফমশু খংদনা
থম্মোই অসি লাংতক্লুহল্লে বীনাসিনা

নুপা মবোলদি থোক্ত রাবী শাবি
পাওখুম খুল্লি মিৎলু পিবাংসিনা

নুপা লেপ্তুনা ফংলবা নঙগী পাওখুম
মবোল থোকনি ঐগী বীনা

নুপী রাহংগী পাওখুম কযা পীবে
খোঞ্জেল থোকহল্লো থম্মোই নুংওয়

নুপা মবোল থোক্লে ঐগী বীনা
কবি খেৎনবি তাইবং মীওইবগা

নুপী - থম্মোইশু পেল্লে রাখলশু ঙাওবে
কবিগী উবীদ্রি ঐগী ইতৌসে।।

# তোল্লিদকো নুপী ওইবী

তোল্লিদকো নুপী ওইবী
লোনথোক্তবী ওইবে ঙসি
হাযনিংবা ৱাহৈ কয়াসে
হায়ঙমদে ঙসি নফমদা ।।

পিজনীংবা পাওখুম কয়া
পিঙমদে ইচিলসিনা
তাইওন্নবীবনি ঐবু
থম্মোই পান্দবীনি খন্না ।।

চাকথ্রসনু মনিং তম্না
লোনথোক্তবী মপোকসিঙু
পেনজদ্রবী থম্মোইবুদি
শিবীগনু ইবাল ওইনা ।।

# নিংথিবী নঙতবু ঙাইজৈ খন্না

নুপা - নিংথিবী নঙতবু ঙাইজৈ খন্না
লোৎপবা নুমিৎ শিংবুম কযাবু

নুপী - চৎথ্রবদা লেংদবা উপালনা
তাংজবীগি কবি উপায়নো

নুপা - কনাগী কবি রাশক ঙাক্লনা
লৈবাং থম্বালনা ইয়াইদা শাৎপনো

নুপী - কিজবনি মীনম্বা তাইবঙবু
রাশক ঙাকপা নত্তে কনাগী

নুপা - শাৎলন্নবা মালিগী লৈকোলদা
লৈবম্লোই পাংখক লৈবাং থম্বালগী

নুপী হৌনশানি খোইমুগী তাৎ তৌবা

নুপা - তিনজববনি নুংশি ইবোলনুংদা

নুপী - খিকপীবো নঙগী নুংশি লাইজ
শাৎচবগে মালিগী লৈকোন্দা।।

# কাযনখ্রে থম্মোই অনি

কায়নখ্রে থম্মোই অনি
বাহৈদুদা লান্না লৌনখ্রে
থম্মোই অনি ঙাওখি
শমনখিদবে লম্বী অনি।।

ওইনজখিবনি নুংশি মঙোন্দা
থরাইনি থন্না মহৌশাগুম
থাজদে অসুম্না ওইবক্কনি
মহাক্না লান্না লৌখ্রে।।

লাকখিগদ্রা ঙাইবি
নুংশিবা মহাক্তু ঙসিগু
অবোইবা বিদায় ওইবন্নে
থম্বীবন্নে ঐবু তাম্না।।

# অউনপোৎকী ব্রাজববী চনুবাদো

অউনপোৎকী ব্রাজববী চনুবাদো
খম্মুং শবা তানখ্রে
পুঙ্সি বিদায় পিবম্লে
নুংশিববা মকুপ মপিজাশিং ।।

অসিবা তাইবঙগী চৎনবী
নহাক্লসু পুঙ্সিবু মীনম্লা
নুংশিবা থুংনবা হাযবসিদা
অউনপোৎকী মমল কর্বিনো ।।

তাইবংগী চৎনবী ইবাংদা
অশেংবা নুংশিবা মাংলক্রে
যেক্লবা নত্তে নুজাশিং
মহাক্কী চান্নবা মকুপকা ।।

# ৱাখলগী থাজনি নওসে

নুপা ৱাখলগী থাজনি নওসে
অচিকপা অহিংদা ঙাল্লুবাও
নোংইন চেক্লাগুম পাইজগে
মালংগী ইপোমদা ঙাওজগে।।

নুপা পুন্সি ফৈবাথক্তা তোংলুবাউ
তাউজিং হৈবাং চাকলাউ
নুংশি ঈশৈ শকলুবাও
থম্মোইসে মনিং থুংনবা।।

নুপী ফাইবেনগী অঙাওবা মালংগু লাক্তিদুঙে
শজিবু নোংলৈনা হল্লক্তিদুঙে
চেক্লা শাখপ তল্লকগে
নুংশি নওগী লৈকোন্দা

নুপী চীংয়া লাল্লা পায়মিন্নসি
লোয়বী চীংজুম থক্লসি
তমপাক্কী লমদমবু তল্লকসি
কুমজা হবাওববু য়াওকসি।।

# কায়নগনি খংলম্লবা নওগা

কায়নগনি খংলম্লবা নওগা
লাক্লমলোইদবনি ঐ লাক্লমলোইদবনি
নুংশিবগু হৈকবে হৌজিক্তি
থাদোকপদি ওমদ্রি নুংশিবসে।।

লাপথোক্কে খম্লুবা মীৎকুপ্তা
মনিং তম্লকই ঐগী পিবাং
খাংলসিবা পুক্নিনি খন্না
তাইনফমসু খংদ্রে কনাদা।।

তত্তনা লাকউকো ইনাক্তা
থবাইনা মীবেন ওইদুনা
নিঙাইদনা ঙাক্লিবা থাবলবক্তা
নঙবু ঙাইবমগেকো চান্নবী।।

# ঐখোযগী পোক্রফম লমদমনি

ঐখোয়গী পোক্রফম লমদমনি
মণিপুব সনা লৈবাক্নি
লাইনা শেম্বা লৈবাক্নি
ঈংনা চীক্লা ঙাল্লিবা॥

ইচা ইশু পোকফমনি
ইপা ইপু শাংফমনি
মপু মাগী লৈকোন্নি
লাইগী মচানি ঐখোয॥

লাইনা থাবম্বা মীওইপোক্নি
শমু পাঙ্গল কল্লিঙৈ
মিংচং উবোং খিল্লম্মু
শিদ পামেল থাবম্মু।

ঙসি শিনি পাওতাকতে
হযেং শিনি পাওজেন্দে
ঙসি হায়না লোযখিনি
হযেং কৌবা লাক্কনি॥

# নুংশি নঙবু কৈদনো

নুংশি নঙবু কৈদনো
কুমজা মশিং যাম্নক্লে
চেঙলৌ শক্তম উদবা
পাইম পুক্রিং নুংওল্লেদা

হাযবম্বদায নোংমা নঙনা
যেংনীংথাগী অযুক্তা
ঐবু ঙাইদুনা লৈবমগে
কাওবব্রা নঙগী ৱাশকপবেদো।।

ঙসিশু ঙাইবি নহাকপু
ৱাজববা থম্মোইসে থেমজিন্দুনা
লৈতাফম খংদ্রে থম্মোইসিনা
কৈদনো নঙবু থিরুগদবা।।

# কবি খেৎনবা লৈ

কবি খেৎনবা লৈ
মঙলানগা তাইবঙগা নঙোন্দা
উন্নবা ফংলবা মঙলান্দা
চপ মান্নে ঐঙোন্দদি।।

পম্ভুংদগী হেল্লবা নত্রা
নুংশিরবসিনা লেঙদনা লৈববদি
ঐখোয অনিগী থম্মোইদা
কবি ননিঙ থুংদবা মসিদা।।

মবৌ লৈববা নোংদম্বা
শোযদনা ঈকাযবম্নগনি ঐখোয
অনিগী নুংশি মতৌদা
রাবৌফম লৈত্রে পম্ভুংগীদমক।।

৮১

# মবম লৈ ঐনা

মবম লৈ ঐনা
ননাক্তা লাকনীংখিবগী মবম
ৱাহং কয়া কয়ানি
মিংচদুনা ঐঙোন্দা হংলম্মখিবা ।।

নোংখাঙ কুপ্পগুম যাংলবা
নঙগী মিংচিগী তেন
অর্থ হনবা হোৎনখি
মপাইজববী ঐগী থম্মোইনা ।।

নোংনা লাক্লবদি কর্বিগুম্বা নঙনা
ঐগী থম্মোই নকার্সিদা
ঐ ফোংগে শোয়দনা
নঙগী মিংচগা পাওখোংদু ।।

# ঐবু বাবৌরব্রা নওনা

ঐবু বাবৌবব্রা নওনা
শাওবব্রা ঐবু নওনা
কবিগী শিদ্ধবি শিবাং
অমুক্তা হায়মুনে ঐঙোন্দা ।।

পুক্নি খোঙচৎনি নোংদম্নগী
ঐখোয়গী অনিগী খোংচৎনি
কনাদসু লানখিদে ঐখোয়না
কনাগী থম্মোই শোকহনখিদে ।।

থাশিগী মম্লবা অহিং
ঙাল্লবে ঙসিদি মকাফম্না
ফজদ্রনে ঙসিগী থাবলসে
শেন্না য়েংখোনে চান্নবী ।।

# লৈখন শুনা শাংলে

লৈখন শুনা শাংলে
ঐগী বসন্ত লৈকোল
ঐগী পুক্নিং পেঞ্জবে
য়েংবগী পেনবা লৈত্রে।।

খোইমুনা কবি হায়বিবা
লৈবাংদা গুন-গুন
কোকিলনা কুহু কুহু
কবি হংলিবা লৈকোন্দা।।

নুংওল্লবা ঐগী থম্মোই
য়াওকবে লৈবাং খোইমুগী বাবীদা
লাংতক্লববা থম্মোইসিনা পাওখুমগীদমক
হংজবি শকথংদবা মঙোন্দা।।

# কোলোয মনিপুর কৌবীসে

কোলোয় মনিপুর কৌবীসে
কয়াদা নিঙথিজববা লমদমনো।।

পলেম ইমানি থৌনাফবীনি
পৃথিগুম অখাং কনবীনি
কনা লৈতে নঙগুমবী
কোয়না থিবদা মালেমদা।।

য়েক্রু লিশিং কয়ানা
মাইথিবা পীবা ঙমদ্রবীনি
পুন্সি শিন্না পাংবদা
রাবে কৌবদা হায়দ্রবীনি।।

পাবী নামোম চাওবক্রে
শামু পাঙ্গন ফাবক্রে
ঙম্লবোই কনানা ঙসিদি
লাকচ খুদুম চনবা।।

# থম্মোইবু ঙাওহল্লে নঙগী ফজবনা

থম্মোইবু ঙাওহল্লে নঙগী ফজবনা
হেন্দে মেবাগী থাবলনা
ইং-তপ্লবী নঙগী মাইথোংদগী
লৈতাহন্দ্রে ঐগী থম্মোই।।

নোংইন কৌবী চেক্লানা
থাজবু উবগা কবিগী ঙাওবিবা
তপ্লবী মাইথোংবু উবগা
ঐনা কবিগী ঙাওবিবা
ঐশু খংদে থম্মোই অনিগী মবীদি।।

থম্বীবো ঙাওববা থম্মোইসে
নুংশি নাক্তা লেংদনা
পুক্সি বন্দি ওইজবগে
রাজববা থম্মোইসে মনিংথুংনবা।।

# চীংশাং নাপোম মৈহৌবে

চীংশাং নাপোম মৈহৌবে
ইদু নঙবু কৈদনো
বড় দিন্না লাকপসিদা
য়াওদবে নঙদি মীয়ামলকসিদা ।।

নিংথম উন্নেন্না তাবকতে
খায়নবে পামেলসু উনাশিংগা
লেপহৌবি উপায় লৈতনা
চাউব চীংমাই থকসিদা ।।

নুংঙাইব কুম্মৈগী ইবাওখোন্দা
পাবি ইমোম্বু নিংশিংলক
পলেম্মা কোয়না য়েংবদা
উদবে লমদম লৈদগু ।।

তমথিব কনাগী খুংতা
খমুং শবা তানখ্রবা
নকুপ নপিজ্জা কয়াদি
শান্নববি ঙসিগু পলেমনাকসিদা ।।

# মনিং তম্না পাইবি

মনিং তম্না পাইবি
ঐগী থবাই চেক্লা
শান্নজবনি নওগী ইপোমলক্তা
হুমদোকপীগনু কল্ল শাফুনা ।।

শংবান্নববা অতিয়াগী ফজবা
ইমিং পেন্ন য়েংজগে
অভৌবা নোংগী মবক্তগী
লোৎনা লোৎনা য়েংলক্কে ।।

তমথিব নোংথাওগী মিংয়েঙনা
মিপাইহনবীবক্কনু খংহৌদা কবিগুম্বদা
নীংবা কায়খিবা থোক্লবা
নিঙমদ মৈশা লাংহৌগনি নওোন্দশু ।।

# চেন্না চোংনা শান্নবি

চেন্না চোংনা শান্নবি
তনৌববী নুজা অমা
মমিং মনা তথক্লা
শকখংদবদু লাকপ্রা যেংলি ।।

তনৌববী নুজাগী মতৌদা
শুমহৎশ্রে শকখংদবা অমদি
থম্মোই তেংগা থোংদুনা
মিৎচি তেনবু কাপশ্রে ।।

তেন্না পানখ্রবা নুজাদু
লোৎপা হোৎনজবি মাইথোংদো
ফোংদোক্কে খল্লি নুংশিরাহৈ
নানথোক্লবা হোৎনজবি তাঞ্জাদু ।।

# হে লক্ষ্মী হে ইমা

হে লক্ষ্মী হে ইমা
লনগী মবেল্মনি নহাক্তি
ঙালহনবীযু মন্নবা পুক্সিসে
লেঙদনা লৈবিদুনা ইসাইগোন্দা ।।

সন্ধ্যাগী ধুপকী মনম্নক্তা
মৈবাগা লোযননা ঙানথোইর্বিবা
মঙ্গলগী মশক্তি ইমা
অবতাবনি জগৎকি ।।

শিবা নাইবা মপোক্তা
লোযনাইদ্রবা মপোক্তু পামলুবে
পুক্সি অসি লেনজবগে
নঙগী থৌজাল ফংনবা ।।

# ঐগী ৱাখল নৈতাখিদে

ঐগী ৱাখল নৈতাখিদে
মাবু অসুম নৈহৌবদ্রা
মতাবোই কনা য়াওদনা
থাপ্লবা মীবমলেনসিদা ।।

পোনগী চেক্লা নত্তে খল্লুবা
খোঙদা ঝিনজুব থাংলক্মী
ময়ুম মাইকৈ য়েংহৌখি
মিংলু পিবাং শিল্লুনা ।।

ঐবু অশুম হল্লসিবা
ৱাখলনা পুক্সিবু ঙাওহনখি
অবোইবা কায়নবগী মিকুপ্তা
পিবাংনা মাবু থেল্লমখি ।।

১১

## ঙসিদ খংলকই নুংশিবা

ঙসিদ খংলকই নুংশিবা
মহাক্না কায়নববা মতুংসিদা
নক্লা নক্লা লাপহৌখি
উনা উনা তাম্নখি।।

নক্লবিঙৈ খংনখিবা তাথিনা
চৈনা ফাওবকই ঙসিদা
মবোল থোক্লা ঙংলবি
নাপ্প য়েনা ঙসিদি।।

মৈবীনা রাইখ্র থম্মোয়না
কবি ফংলুনি কায়নবা নত্তনা
কবি উপায় লৈকনি
চান্নবী মহাক্লা চংখ্রবদা।।

৯২

# কবিগী থদংপীখি লৈখোক্তগী

কবিগী থদংপীখি লৈখোক্তগী
নিঙাইদনা শান্নজবম্বনি মালংদা
অঙাওবা মালংগী শাহুমদা
খাংলম্বনি মাইকৈ খংদনা।।

খিকপীখিদে কুমগী নোং
নিঙমদনা কেনখি লৈনানা
কয়াদা বানা ঙাইখিবা
য়েনীঙথানা নোংজু মাবু।।

তনিক্লবা লৈবাংগী পুন্সিবু
খংবীখিদে তাইবং কনানা
মদোম কপচবা নত্তনা
মদোম লোয়খি লৈবাংগী পুন্সি।।

১৩

# কবম্মা হায়সিগে খংখিদে

কবম্মা হায়সিগে খংখিদে
নঙবু নুংশি হায়না
অঙাওবা থম্মোই ওইখি
তাইবং মীয়াম মবক্তা।।

থম্মোযগী অৱাবদি উহন্দা
লোনখিবনি নঙবু মকুপকুম
খঙলমগনি থাজদে নঙদি
থম্মোইগী অবোনবা মৈবীসে।।

লাইবক ফবা কনাগী মফমদুদা
নঙনা চৎখিবা নুমিৎতুদা
পিবমলগে ঐগীশু দান
পিবাংসিনা খুদোল ওইনা।।

# কদোমদা চৎকনি কদোমদা লানগনি

কদোমদা চৎকনি কদোমদা লানগনি
ইখোঙশু তেকলে ইমিংশু উদ্রে
ভক্তিশু কৎহৌদে সাধনশু তৌহৌদে
ময়ানা কুপ্তুনালেকবে ঐহাক্তি।।

লাক্রে মহাক্তি ইনাকসিদা
অবোইবা পাওজেল পুদুনা লেপ্লবে
লানবা ঙল্লোইদৌবে তুবেলসে
মাগী থৌজাল নত্তনদি।।

চানবীয়ু হে প্রভু নহাক্লা
পাপ্পীনি পংলবা ঐহাক্তি
খোংদাফম লৈত্রে ননাইগী
স্বর্গ পতাল অনিমক্তা।।

# পুন্সি অসি লোয়খিগদৌবে

পুন্সি অসি লোয়খিগদৌবে
ঙসি হয়েং হায়দুনা
খল্লুদে হৌবি মাবু নোংমতা
শেম্বীবকপনি তাইবংসে মহাক্কদি।।

কাউজন থিবা হে মীওইবা
নথন্নতা লাকপা নঙনি
নচা-নশু, নবন-নথুম
পুবা য়াবোই কবিশু।।

পংলগনু হে পুক্লিং
ময়ানি পুম্নমক অবেম্বনি
নঙগী অবোইবা মতমদা
লোয়নগদবনি হৌবি মাতনি।।

৯৬

# হাযবল্লোই থম্মোই পান্দবীনি

হায়বল্লোই থম্মোই পান্দবীনি
খাঙজবমগে মৈচাক নঙগীদমক
ফোংলমলোই মীংনুংশি খংদে হাযনা।।

খাযনবনা অপেনবা ওইববা
কায়নবনা নঙগী নুংঙাইববা
চান্নবা নঙগী যাইফবদুদা
খনবীযু ঐগীশু যাওবিবনি।।

লমলানবীনি খনবীনু ঐবু
পাওথোকপীনু নৌজবিবী ঐবু
শন্দোকপীনু লমহেনবীনি হাযনা
নিজহৌগে অসিমতং ঐনা।।

# হো লৈচিল পাইবিবা লৈচিল

হো লৈচিল পাইবিবা লৈচিল
হাযযুনে কবিনো খেৎনবা
নঙগা ঐগগি মবকসিদা
কদাযদনো নঙগী পন্থুংফম।।

হিংলি পুন্সিনা পুন্সিনি খন্না
নিংতম্বগী মহাও খঙদনা
পাইবি নঙনা হাংল মালংদা
নিঙতম্ল পুন্সি ইপোমদা।।

যাইফৈদকো নঙগী পুন্সি
ওইনিংই নহাক্লুম, কনানা
তাবীদে অৱা ইপাওদি
অসিবা খেৎনবা হাযবদো।।

# ফজদ্র যেংঙু নিঙথিদ্র

ফজদ্র য়েংঙু নিঙথিদ্র
ঙসিগী অঙনবা অয়ুকসে
ফিজোল হোংলবী মালেম ইমাসে।।

খোংলি চেক্লানা উফৈথক্তা
ঙাওবি যোগী লাইশোনলক্তা
নুংশিববা ধুপকী মনমলক্তা
শুমহৎলে থম্মোই ঙসিগী অয়ুক।।

কোবৌ মশেক্লা যৈবদা
লৈতেংলে মালেম সনাতনা
লংলে মনিগুম অয়ুক্কী লিক্লা
যেংবদা পেল্লে নিংথিববা কুঞ্জা।।

# হে মালেম ইমা

হে মালেম ইমা
খুকমজবি তোল্লবা ননাইনা
শান্তিগী শক্লোন পুবিবী
হবাও তযামনা নুংশি ব্রাহৈনা
অফবা মঙ্গল পিবীবিবী ইমা।।

নঙগী নতম্পাকসিদা পোকহল্লবে
তাইবঙ শিঙ্খা পাংহল্লবে
খঙদ্রে কবিবু পিগদবা নঙোন্দা
লৈজদ্রি ননাইদি কবি থোইনা
নঙগী নগুনবু শকচবা নত্তনা।।

মমানি নহাক্তি জগৎসিগী
নিজগে ননাইনা নঙোন্দগী
মতমপাক্তা পোকচবা মতমপাক্তা চাওজবা।।

# কয়াদা নিংথিজবিবা লমদমসে

কয়াদা নিংথিজবিবা লমদমসে
কোলোয মনিপুব কৌবীসে
ভাবত ইমাগী মমোমনি
অমতা ঙাইববা মনিনী।।

লোইবী চীংশাঙ কযানা
অকনবা নোংলৈ ঙাক্লিবা
লুব চীংজুম লাইজনা
অমৃতগুম খোন্নাং ইল্লিবা।।

নৈবম্লোই নঙগুম্বী ইমা
মালেম কোযনা থিববশু
লাংওন কযাদা তিঞ্জগে
নুংঙাইব নতম্পাক্তা চাওজগে।।

৯৭

# হো লৈচিল পাইবিবা লৈচিল

হো লৈচিল পাইবিবা লৈচিল
হাযম্নে কবিনো খেৎনবা
নঙগা ঐগগি মবকসিদা
কদাযদনো নঙগী পম্লুংফম।।

হিংলি পুন্সিনা পুন্সিনি খন্না
নিংতম্বগী মহাও খঙদনা
পাইবি নঙনা হাংল মালংদা
নিঙতম্ন পুন্সি ইপোমদা।।

যাইফৈদকো নঙগী পুন্সি
ওইনিংই নহাক্লুম, কনানা
তাবীদে অব্রা ইপাওদি
অসিবা খেৎনবা হাযবদো।।

# ফজদ্র যেংঙু নিঙথিদ্র

ফজদ্র য়েংঙু নিঙথিদ্র
ঙসিগী অঙনবা অয়ুকসে
ফিজোল হোংলবী মালেম ইমাসে ।।

খোংলি চেক্লানা উফৈথক্তা
ঙাওবি যোগী লাইশোনলক্তা
নুংশিববা ধুপকী মনমলক্তা
শুমহৎলে থম্মোই ঙসিগী অয়ুক ।।

কোবৌ মশেক্লা যৈবদা
লৈতেংলে মালেম সনাতনা
লংলে মনিগুম অয়ুকী লিক্লা
যেংবদা পেল্লে নিংথিববা কুঞ্জা ।।

৯৯

# হে মালেম ইমা

হে মালেম ইমা
খুকমজবি তোল্লবা ননাইনা
শান্তিগী শক্রোন পুবিবী
হবাও তযামনা নুংশি ব্রাইনা
অফবা মঙ্গল পিবীবিবী ইমা ।।

নঙগী নতম্পাকসিদা পোকহল্লবে
তাইবঙ শিক্ষা পাংহল্লবে
খঙদ্রে কবিবু পিগদবা নঙোন্দা
লৈজদ্রি ননাইদি কবি থোইনা
নঙগী নগুনবু শকচবা নত্তনা ।।

মমানি নহাক্তি জগৎসিগী
নিজগে ননাইনা নঙোন্দগী
মতমপাক্তা পোকচবা মতমপাক্তা চাওজবা ।।

# কযাদা নিংথিজবিবা লমদমসে

কযাদা নিংথিজবিবা লমদমসে
কোলোয মনিপুব কৌবীসে
ভাবত ইমাগী মমোমনি
অমতা ঙাইববা মনিনী।।

লোইবী চীংশাঙ কযানা
অকনবা নোংলৈ ঙাক্লিবা
লুব চীংজুম লাইজনা
অমৃতগুম খোল্লাং ইল্লিবা।।

লৈবল্লোই নঙগুম্বী ইমা
মালেম কোযনা থিববশু
লাংওন কযাদা তিঞ্জগে
নুংঙাইব নতম্পাক্তা চাওজগে।।



# য়ারোল খরদং

টি এস:এস: প্রজন্নন সেবিজনা ম্যুজিক্কী ওডিও কেসেট অমদি ঈশৈগী এলবুম পুথোকপ্রবা মতুংদা মচোয় মচোয় চাইথোক্লু না লৈব্রবা ঐগী ঈশৈ ময়েকশিংগী মবক্তগী ১০০ (চাম্মা) খক্তংখোমজিল্লজবগা ঈশৈ ময়েকী লাইরিক মসি অমুক পুথোকচবনি। ঈশৈশিংঅসি মীয়াম্না ওল ইন্দিয়া রেডিও অমদি অতৈ ঈশৈগী থৌবমশিংদা অয়াম্বনা তাবল্লগনি খঙে। অদুমকপু ঈশৈশিংঅসি খোমজিল্লগা লাইরিক অমা ওইনা থম্বনা চুমগনি খনবদগী ফোংদোকচবনি। ঐন য়াম্না নুংঙাইজবা অমনা ওল ইন্দিয়া রেডিওদা লৈব্রবা ঈশৈ ময়েকশিংসু লাইরিক ওইনা ফোংদোকচবগে হায়জরুবদা হবাও হবাও য়াবীবকপগীদমক্তা ঙমখে লৈতনা রেডিওগী ওথোবিটিবু থাগৎচবি। মসিদা নত্তনা ডি·ডি কে ইম্ফাল অমদি অস্মিক্কী থৌবমশিংদা শকখিবা ঈশৈ কযাবুসু হবাও হবাও ফোংদোকপা য়াবীবকপগীদমক্তা মবী লৈনবা ওথোবিটিশিংবুসু থাগৎপা ফোংদোকচবি।

লাইরিক অসি অথুবা মতমদা নমখিবনা বানান অমদি মতৈ অশোয় অঙাম কয়া কুপ্না য়েংশিনবা ঙমখিদরে। অশোয়বা কয়া যাওববসু মথংগী খুনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগে। অশোয়বা কয়া তাকপীবক্লবদি ফিগাও শানা লৌশিঙ্গগনি।

অবোইবদা, ঈশৈগী ওজা গুরু পুম্নমকপু ঐনা নোল্লুকপা উজরি।

অইবা:

থৌনাওজম প্যারো সিং